অঙাংগী সাহিত্যদা মনা ফংলবা

# প্রজাতন্ত্র চংপা লৈবাক অমগী ৱারী





ক্ষেত্রিময়ুম
সুবদনী

১৯৯৮-৯৯ গী ওইনা মনা ফঙলবা

# প্রজাতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমগী ৱারী

ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী



লিঙ্থোইঙম্বী পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল

*Prajatantra Chatpa Leibak Amagee Wari*
A collection of stories
by **Kshetrimayum Subadani**
Published by **Khomdram Dorendra,**
on behalf of the Linthoingambi Publications
Kwakeithel Moirangpurel Leikai, Imphal- 795001



অহানবা ফোঙবা ঃ মে,২০০১


অফোঙবা ঃ **খোমদ্রাম দোরেন্দ্রা**-না লিন্থোইঙম্বী পব্লিকেসন্স
কাকৈথেল মোইরাংপুরেল লৈকাই, ইম্ফালগীদমক্তা ফোঙজবা

মখুম ঃ **য়ুম্নাম গুনিন্দ্রো**, কোংপাল ক্ষেত্রি লৈকাই
মমল ঃ লুপা ৪০/-

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক ,ইম্ফাল -৭৯৫০০১

# য়াওরিবা ৱারীশিং

# ৱাহৈ খরদং

অঙাংগী সাহিত্য,অঙাংগী লাইরিক্তা অইবশিংনা খুৎ ইথা থানদে। খর ইদুনা ফোঙলিবসিসু অঙাংশিংনা লৈরগা ইপা পানদে। মমা-মপানসু লৈরগা পাহনবিদে। অঙাংনা হেন্না পানিংনবা লাই য়ান্না হাপকদবসু পৈশা য়ান্না চঙবা মরম্না ফজবা লাই হাপ্পা ঙমদে। অদুবু অইবশিংনা অঙাংগীদমক লাইরিক খরা ইরক্লীবশিং অসিবুদি পূক্নিং থৌগৎফম থোকই।

ডিরেকটোরেৎ ওফ এডুকেসন (এস) না অঙাংশিংগীদমক কেটেগোরি মঙাদা (১) লিটরেচর, (২) ফোক টেলস, (৩) ষ্টোরী, (৪) সাইন্স অমসুং (৫) ড্রামানচিংবদা অথোই - অহেনগী মনা পীদুনা অঙাংগী লাইরিক খর খরদা ওইরবসু পুথোক্লিবসি থাগৎনিংঙাইহিনি। অদুবু মমিংতা ওইনা পীরিবা কেস প্রাইজ অসি হেন্না চাউহন্দুনা পাকশনবা মীৎয়েং য়েংবিরক্লগদি অঙাংগী সাহিত্যসি খর মখৈ চাউখৎহনবা ঙমগনি। অতৈ অতৈ লমগী অঙাংগী সাহিত্যদা ইনরিবা, তৌনরিবা ময়াম অসি য়েংলুরগদি ঐখোয়গী অসিদা তৌরিবসিদি অনাবগী চবান থাদোকপগা চপ্পু মান্নরবনি। অদুবু পূন্নমক ইখঙ খঙনরবসু খুৎতি ইয়াও য়াওনরকত্রি। অদুনা পান্দম কয়া মাঙদা থমলগা হোৎনবগী তঙাইফদবা লৈ।

ঐগী পুথোকচরিবা লাইরিক অসি এডুকেসন (এস) না অঙাংগী লাইরিক কৌরকপদুদা ঐনা পারুবা থেংনরুবা খরদগী মচাক লৌজরগা অঙাংশিংগীদমক অরায়বা লোনদা ইজবনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা-কল্লকপা, মীহৌবা, থৌনাফবা, মীনুংশি চাউবা, কৎথোকপা, লৌশিং শিংবা, অমনা অমবু থাজনদবনচিংবগী ৱারীশিং অসিনা অঙাংগী লমচৎতা খরদং কান্নবা ফঙলবদি ইজরুবগী মহৈ য়াক্লে।

লাইরিক অসি ইং ১৯৯৮-৯৯ গী ওইনা মণিপুর সরকারগী চিলড্রেন্স লিতরেচর কম্পিটিসন (সাহিত্য) দা অহুমশুবা মনা পীবিবগা লোয়ননা ফোঙননবগী শেলগী তেঙবাং পীবিবকপগীদমক এডুকেসন (এস) পু থাগৎচবা ফোঙদোকচরি।

লাইরিক অসিগী মমিং *ভারত ইতিহাসকী ৱারী খরা* কৌরম্বদগী *প্রজাতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমগী ৱারী* হায়না ওন্থোকচরে। মসিদা মরি লৈনবা ডিপার্টমেন্টনা য়াবিবগীদমক থাগৎচবা ফোঙদোকচরি।

লাইরিক অসিগী কোভর অমদি মনুংগী লাই অথুবা মতমদা য়েকপিরকপগীদমক য়ুম্নাম গুনিন্দ্রোবু থাগৎচরি লোয়ননা লাইরিক অসি তেক্লবা মতম খরদংগী মনুংদা থৱায় য়াওনা হোৎনবিদুনা পুথোকপিরীবা লময়ানবা প্রিন্টর্সকী ইপ্পা তাওরেম মঙ্গি অমদি ডাঃ লাই ইমো, মতেং পাঙবিরকখিবা মরুপ-মপাং পূন্নমকপু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী
কাকৈথেল মোইরাংপুরেল লৈকাই,
ইম্ফাল

ইম্ফাল
২৩।৫।২০০১

# মহারাজ রঞ্জিৎ সিংহ

রঞ্জিৎ সিংহ ইং কুমজা ১৭৮০ দা গুজরনৱালা হায়বা সহর অদুদা পোকই। মসি লাহোরদগী কিলোমিটর ৬৭ চৎলগা পাকিস্তানদা লৈবা সহর অমনি। রঞ্জিৎ সিংহ য়াম্না কনথৌবা নিংথৌ অমনি। মাগী থৌনাফবা অমসুং মীনুংশি চাউবগী ৱারী কয়ামরুম লৈ।

নোংমা রঞ্জিৎ সিংহনা শামু তোংদুনা মাগী খোংলোইশিংগা লোয়ননা হৈকোল অমা ফাওদুনা চৎলম্মী। হৈকোল অদুদা অমুন-অমুনবা হৈ কয়ামরুম পাল্লম্মী। খুঙ্গংগী অঙাংশিংনা অমুনবা হৈশিং অদু নুংনা থোমলম্মী। অদুগা তারকপা হৈশিংদু খুন্দুনা চারম্মী। অঙাংশিংদুগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা নুপামচা অমনা অচৌবা নুংদুম অমা পাইদুনা হৈদ্রেু তন্না লংলকপদা নিংথৌগী মরাইবক্তা পাল্লম্মী। নিংথৌগী মনাইশিংদুনা অঙাংদু ফারম্মী অদুগা নিংথৌগী মমাংদা পুশিল্লক্লম্মী। নিংথৌনা অঙাংদু ফুদনবা য়াথং তৌরদুনা

হায়রম্মী, "অপীকপা অঙাংশিং অসিদি লৈগুম্বনি, অঙাং অসিগী মরাল করিসু লৈতে, উহৈদু তম্না নুংদুম লংবদা ঐঙোন্দা পানবগী ৱাদনি।" নিংথৌনা নুপামচাদুদা অমদি অতৈ অতোপ্পা অঙাংশিংদুদা অথুম-অহাও পৈশানচিংবা পীরম্মী।

মহারাজ রঞ্জিৎ সিংহগী মতমদা কুম অমা নোং অমত্তা তাদদুনা চানবা পোৎ-চৈ অয়াম্বা নিংথিনা মহৈ পাল্লমদে। নিংথৌনদি মাগী প্রজাগী চিঞ্জাক ৱাত্তনবা হোৎনগনি হায়রম্মী। অদুবু মাগী গোদাউন্দদি চান্ন-থক্লবা মহৈ-মরোং অয়াম্বা লৈরমদে। নিংথৌনা নোংমা নুমিদাংৱাইরমদা চাকনিবা মান্না শেগায়রবা ফি শেত্তুনা কোইচৎ চৎলম্মী অমসুং মহাক্না ঙাংখিবশিংদু কমদৌনা থুংহনগদগে খল্লম্মী।

নোংমা মহাক্না খাংপোকমচা অমগী মনাক্তা চৎলিঙৈদা অহল ওইরবা নুপা অমনা অচৌবা পোৎয়োম অমগী মথক্তা ফমদুনা লৈবদু উরম্মী। নিংথৌনা অহলদুগী মনাক্তা চংশিল্লক্লুনা হংলম্মী, "করিগী অসুক থেংলবা অমম্বা অসিদা নথন্তা ফল্লীবনো?" অহলদুনা খুল্লম্মী, "ইবুংঙো অসুক লুম্বা পোৎলুমসি পুদুনা ঐনা করম্না চৎকদগে?"

ৱাদু তাবদা নিংথৌনা পোৎলুমদু পুদুনা অহলদুবু লমজিংহন্দুনা থিনবিরম্মী। মীয়াম্না মাগী অসিগুম্বা মীনুংশি চাউবা,



তৌবিমল খঙবা, মশাবু নিংথৌনি হায়না চাউথোকচদবা ময়ামশিং অসিদগী মহাকপু "মহা" হায়বদি অচৌবা "রাজা" হায়বদি নিংথৌ হায়না খঙনরম্মী। (মহারাজা হায়বদি অচৌবা নিংথৌ হায়বনি।)

মহারাজ রঞ্জিৎ সিংহগী মপা সারদার মহা সিংহ রঞ্জিৎ সিংহনা চহি তরা দা ঙাইহিরিঙৈদা শিখিরম্মী। মহাক্না চহি তরাহুন্দোইদা ঙাইহিরিঙৈদা শগোল থৌবা অমদি খুৎশু-খুৎলায়গী বিদ্যাদা য়াম্না হৈ-শিংলম্মী। নোংমা মহাক্না শগোল থৌদুনা শাতানবা চৎলম্মী। মহাক্না শগোলদু য়াম্না য়াংনা নুংশিৎকী মমাং থানা থৌরম্মী। মাগা লাকমিন্নবা খোঙলোয়শিংদুদি য়াম্না লাপ্না মশক উদনা লৈহৌরম্মী। শগোলদুনা য়াংনা থৌমনখিবনা করি লম য়ৌরবনো হায়বা খঙলমদে। শগোলদুনা অসুম থৌরকপনা নৱাব হশমট খান চৎথাগী লম য়ৌরম্মী। হায়রিবা নৱাব অসিনা রঞ্জিৎ সিংহবু হাৎপা পাল্লম্মী অমসুং মহাক্কী লৈবাক অদু লৌবা পাল্লম্মী।

অসিগুম্বা তাঙ্গা অসিদা নৱাব অসিসু শিকার লাক্লম্মী। রঞ্জিৎ সিংহগা মায়োক্নলা থেংনরম্মী। রঞ্জিৎ সিংহনা মথন্তা লাকপদু উরদুনা নৱাবনা মথন্তা হায়জরম্মী, "হৌজিক্তি কনামত্তনা নুপামচা অসিগী পূন্সি কনবা ঙম্লরোই।" মহাক্না থাংখুমদগী থাং শত্তুনা রঞ্জিৎ সিংহ তম্না চেনশিল্লম্মী।

অদুবু রঞ্জিৎ সিংহনা মঙোন্দগী হেন্না য়াংনা শগোল থৌদুনা খুৎয়ান অমুক্তদা নৱাব হশমট খানগী মকোক্তু ককথৎলম্মী। রঞ্জিৎ সিংহগী খোঙলোয়শিংদুনা মাগী মনাক য়ৌরকপদা নৱাবকী অককপা মকোক অদু উফুল মথক্তা তাবদু উরম্মী।

রঞ্জিৎ সিংহনা সুপ্নগী চহি কুন দং শুরকপদা নোংমত্তদা লাহোর খুদুম চনশিল্লম্মী। মহাক্না লাহোরগী নিংথৌ ওইরবদা প্রজাশিংগী নুংঙাই য়াইফনবগী থবক ঙাক্তা শেমগৎ-শাগৎলম্মী। মাগী মতিক মগুন মথৌনাদা প্রজাশিংনা মাবু মহারাজ হায়বদি অচৌবা নিংথৌ হায়না কৌবা হৌরকপদা মহাক্না খঞ্জরম্মী, মহাক্তি সুপ্নগী অপিকপা লৈবাক অমগী নিংথৌনি অদুনা মাগী লৈবাক অসি হেন্না পাক চাউথোকপা পাম্লম্মী। মহাক্না খুৎলায় কয়ামরুম পৈশিনবা হৌরম্মী। লান্মী মশিংসু হেনগৎহল্লম্মী। লান্মীশিং অদুদা ফ্রান্স, ইটলি অমসুং ইউরোপীয়ান্নচিংবদগী ওফিসারশিং কৌদুনা ত্রেনিং তৌহল্লম্মী। মখোয়দা মতিক চাবা তলব পীরম্মী। রঞ্জিৎ সিংহ সিখ অমনি। মহাক্না ধর্ম্ম অমগা অমগগী মরক্তা খেৎনবা য়েংথিনবা লৈতনবা হোৎনরম্মী।

মহারাজ রঞ্জিৎ সিংহনা মাগী জাৎকী মীদমক য়েংদুনা থবক হাপ্পা তৌরমদে। মাগী প্রাইম মিনিষ্টর রাজা ধিয়ান সিংহ অসি জমুদগী হিন্দু অমনা ওইরম্মী। মাগী মশাবু পামজনা লায়েংলিবা ডাক্তর অদু মুসলিম হাকিম নুরুদ্দিননি। মাগী লান্মীশিংদা হাপ্লীবা ওফিসারশিং অদু খৃষ্টান ওফিসারশিংনা অয়াম্বনি।

রঞ্জিৎ সিংহনা অঙাং ওইরিঙৈদা অমুখক লাই থোক্তুনা নাখি। মতম অদুদা অঙাংশিং অয়াম্বা লাই থোকপদগী শিনরম্মী। রঞ্জিৎ সিংহগীসু মমায় অমসুং মরাইবক্তা লাই থোকখিবদগী ডাকফম য়াম্না থিনা লৈরম্মী। অসিদসু নত্তনা রঞ্জিৎ সিংহগী ওইথংবা মমিৎ অদুসু পোম্বদগী মমিৎ নাম্মা তাংলম্মী। মশক থিরবা মমিৎ নাম্মা তাংলবা রঞ্জিৎ সিংহবু কনামত্তনা লক্লবা ঙন্নমদে।

মমায়দা ডাকফম লৈরবা মমিৎ নামতা উরবা মথন্তা পোকপা রঞ্জিৎ সিংহ মশাগী চহি ১০ শুরকপদা মপা লৈখিরমদে। মহাক্না স্কুল চত্তুনা লাইরিক তম্নবগী মতম ফংখিদে। অদুম ওইনমক মহাক য়াম্না থৌনা ফবা, হোৎনবা কনবা নুপানি।

মতম অদুগী থৌনা ফবা মীওইনা মতৌ করম্না শগোল থৌগদবগে, তেন কাপকদগে অমসুং থাংগী শক্তি করম্না শিজিন্নগদগে হায়বদু তম্লম্মী। মহাক্কী মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্না শগোল থৌবা, থাং হাইবা অমসুং তেন কাপ্পদনা হেন্না পূক্নিং চংলম্মী। মহাক্না হায়রিবা বিদ্যাশিং অসিদা হেন্না হৈথোই শিংথোইবা ওইরম্মী। রঞ্জিৎ সিংহবু তম্বীরিবা ওজাশিংদুনা হায়রম্মী, "মসিগী নিংথৌমচা অসিদি য়াম্না থুনা ঐখোয়দগী হেন্না খঙ-হৈরগনি।"

রঞ্জিৎ সিংহদি মতম পূন্নমক্তা করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা হান্না প্লান তৌই। পঞ্জাবতা নিংথৌ কয়ামরুম্না লৈবাক ঙাক্কুনা পাল্লম্মী। নিংথৌশিং অদুনা মখোয় মশেল মতম অয়াম্বদা খৎনদুনতা লৈরম্মী। মসি উবদা রঞ্জিৎ সিংহনা খল্লম্মী, মহাক্না মপাঙ্গল য়াম্না কল্লবা, লান্মী মতিক চানা লৈরবদি লৈবাকশিং অসি ইরাই লাইনা খুদুম চনবা ঙমগনি। রঞ্জিৎ সিংহনা পঞ্জাবতা লান্দাদুনা পঞ্জাব খুদুম চনশিল্লম্মী। মহাক্না মাগী সম্রাজ্য অসি আফগানিস্টান, টিব্বট অমসুং চিনা ফাওবা শন্দোক্লম্মী। অতোপ্পা নাকল অমদনা লুধিয়ানা অমসুং ফেরোজপুরদগী সিন্ধ ফাওবা শন্দোক্লম্মী।

মহারাজ রঞ্জিৎ সিংহনা পাল্লিবঙৈ মতমদদি মী অমত্তা শিবগী দন্দি পীরমদে। মহাক্তি দন্দি পীবগী মহুত্তা মরাল লৈরবা মীওইশিং অদু মতুংদা অমুক তৌদনবা ৱারক ৱাতেম্বীদুনা ঙাকপীরম্মী।

নোংমা মাগী ওফিসার অমনা উটশিংদা থুম পুহনবগী পাউ তারম্মী। মহাক্না থুনমক ওফিসার অদুদা উটতা থুম পুহন্দনবা পাউ থাখিরম্মী। অতোপ্পা অমসু জামিন্দার অমনা মাগী য়ুমথংনবদগী অরানবা মওংদা লৌরুবা লম অদু রঞ্জিৎ সিংহনা মওং চুম্না ৱায়েন্দুনা হন্দোকহল্লম্মী। মহাক্না মুসলিমশিংগী অশেংবা লাইরিক কুরান লুপা লিশিং মঙা পীবদু লুপা লিশিং

তরাদা লৈরম্মী। মহাক মুসলিম অমা নত্রবসু মুসলিমশিংগী অশেংবা লাইহরিক অসিদা য়াওরিবশিং অসিদি মুসলিমশিংগীতা নত্তে, ঐখোয় খুদিংমক্কীনি হায়রম্মী। মহাক্না লাইহরিক অসি মাগী মিনিষ্টর ফকির অজিজউদ্দিনদা খুদোল ওইনা পীরম্মী।

মহারাজ রঞ্জিৎ সিংহনা উপু অমা মহাক্কী কোনুংগী গেটতা শোগা কোন্ননা থম্লম্মী। কনাগুম্বনা অরানবা তৌরবদি মদুগী ৱাকৎ অদু উপু অসিদা থাদগদবনি। মাগী থোইদোক হেন্দোকপা গুণ অমনা মাগী ৱায়েল-ৱীচারদা অচুম্বদু পুথোক্লবা নিয়ম চুম্না তৌবদু প্রজাশিংনা য়াম্না পেন্নরম্মী। মহাক্কী মকোক থোংবা ওফিসার অমনা অরানবা তৌরবা ফাওবা খুদক্তা দন্দি পীদুনা ইকাইহনবা তৌরমদে।

মহারাজ রঞ্জিৎ সিংহনা জাতি জাতিগী ওইবা অচৌবা হরাও-কুম্মৈশিং লোয়নমক পাংথোক্লম্মী। সরস্বতী পুজা, ইদ, য়াওশং, চহি হৌবা অমসুং দিপ্বানিতানচিংবা হরাও-কুম্মৈশিং মপুং ফানা তৌদুনা শরুক য়ারম্মী। মহারাজ রঞ্জিৎ সিংহনা নিংথৌ অমা ওইবগী মমল য়াম্বা ফিরোল ঙাক্তা শেংৎ চারমদে। মহাক্কী "কোহিনুর" হায়বদি "মঙালগী চিংজাউ" হায়বা অচৌবা ডাইমণ্ড অমথক লৈ। মসি মহাক্না কোর্ট কারকপদা পাম্মোমদা কিশিল্লগা শি। মহাক্কী ফমফম অসি মমল য়াম্বা পোৎনা লৈতেংবা



সিংহাসন নত্তে, ইচম-চম্বা চৌক্রি অমগুম্বনি। মহাক্কী প্রজাশিংনা মঙোন্দা মহারাজ হায়না কৌবা অদু ফাওবা পামজরমদে, মহাক্তি সুপ্নগী ভাই সাহেব, ইয়াম্বা, ইনাও, সিং-সাহেব নত্রগা সরকার হায়না কৌবদুনা হেন্না পামজরম্মী।

অমুখক ইংলিস গোভনর জেনরেলনা রঞ্জিৎ সিংহগী মিনিষ্টর ফকির অজিজ উদ্দিনদা "নখোয়গী নিংথৌ অসি মমিৎ নাম্মতা পাল্লি হায়বসি চুম্রা ?" হংলম্মী।

ফকিরনা খুম্লম্মী, "ঐখোয়গী নিংথৌদি নুমীৎকুম্না শক্তি লৈ অদুনা কনামত্তনা মঙোন্দা মিৎনা কন্না য়েংবা ঙমদে। অদুবু নঙনা মাগী মরমদা ঐঙোন্দগী খঙনিংলবদি ঐনা মাগী খোঙ তম্না হন্থনা য়েংবদু হায়বা ঙমগনি।"

মীওইবা হায়বসি কনাসু অমর নত্তে। মহারাজ রঞ্জিৎ সিংহ মশা ঙমদবগী পাউ তাবদা মাগী প্রজাশিংনা লাইশংশিংদা চত্তুনা লাই খুরুম্লম্মী অদুবু মহারাজ রঞ্জিৎ সিংহগী অনাবদু কনবা

ঙমদনা ইং কুমজা ১৮৩৯ দা মশাগী চহিনা ৫৯ শুরকপদা নোঙ্গাখিরম্মী।

অসিগুম্বা থৌনাফবা মীনুংশি চাউবা প্রজাগী য়াইফনবতা খনবা নিংথৌসিনা লৈখিদবদা মীপুম খুদিংমক্না থম্মোয় শোক্না কপ্লম্মী। পঞ্জাবতা লৈরিবা নুপী-নুপা অঙাং-অহল অয়াম্বা মীৎকী পি তাদবা অমদি অৱাবগী শ্বর হোন্দবা য়াওরমদে। মাগী লৈবাক অপুম্বদু মীকপ মীরাওখোলতনা পুমনিল নিল্লম্মী।

# য়শোধরমন

সেন্ত্রেল এসিয়াদগী হুনশিংনা ভারত্তা লাক্কুনা লান্দারম্মী। মখোয়না লান্দাদুনা গুপ্তা সম্রাজ্য মচেৎ-মচেৎ তানা থুগাইহিরম্মী।

হুনগী লিদর তোরমন্না মালৱাদা লান্দাদুনা মালৱাগী নিংথৌবু মায়থিবা পীরম্মী। মালৱাগী নিংথৌনা হুনগী লুচিংবদা চংজফম লৌরম্মী। তোরমন্না শিরবা মতুংদা মচানুপা মীহিরগুলানা নিংথৌ ওইরম্মী। মহাক অসি মপাদগী হেন্না তমথিবা অমসুং ফত্ত-লৌশিং হৈবা নিংথৌ অমা ওইরম্মী।

মালৱা নিংথৌগী য়শোধরমন কৌবা মচানুপা অমা লৈরম্মী। মহাক য়াম্না থৌনাফবা অমসুং গুণ কয়ানা লৈতেংবা নিংথৌমচা অমা ওইরম্মী। মহাক্না মাগী মাংখ্রবা সম্রাজ্য অদু অমুক হিংগৎহনবা পাল্লম্মী।

য়শোধরমন্না সুপ্নগী চহি তরাতরুক্ক শুরকপদা মাগী মাংখ্রবা সম্রাজ্য অদু কমদৌনা ফংগদগে হায়বগী ৱাখলসিদা পোৎথাফম খঙলমদে। মহাক্কা মাগী প্রজাশিংনা মখোয়গী নিংথৌবু করি ওইনা খল্লমগদগে অমসুং প্রজাশিংদুনা কমদৌনা লৈরমগদগে হায়বদু খঙদোকপা পাল্লম্মী। অদুবু প্রজাশিংগী মতেং নত্তনদি মহাক্কা কৈদৌঙৈদসু থবক অমত্তা পাংথোকপা ঙমলোই হায়বদু খঙলম্মী।

য়শোধরমন্না মাগী অপাম্বশিংদু মপাদা হায়রম্মী। মপাদগী অয়াবা লৌরগা মাগী লুনা তিন্নবা মরুপ খরগা লোয়ননা খোঙশাল্লম্মী। চথমিন্নরিবা কাংবুশিংদু শগোল থৌবদা য়াম্না হৈ-শিংলবা ভাক্তনি। মখোয়না খুঙ্গং কয়া, সহর কয়া লান-লান্দুনা চৎলম্মী। মখোয়না অসুকপা জঙ্গল কয়া, চিংজাও কয়া, তুরেল কয়া লাম্থোক্তুনা চৎলম্মী। মখোয়না লম্বেলদা হুরানবা, ডাকু কয়াসু থেংনদুনা লাম্থেংনরম্মী।

নোংমা মখোয়না অশুকপা উমং অমা ফাওদুনা চৎপদা নিংথৌমচানুপা য়শোধরমন্না শওম অমা উরম্মী। মহাক্কা শওমদু তান্নরম্মী। শওমদুনা য়াম্না য়াংনা চেন্থিবনা নিংথৌমচানুপাদু মাগী মরুপশিংদগী য়াম্না লাপ্পরম্মী। মতমদুসু য়াম্না শাবা ওইরম্মী। নিংথৌমচানুপাদু লাপ্পা শওম তান্নরকপদুদা চোকথরম্মী, ঈশিংসু খৌরাংলম্মী অদুবু ঈশিং অমত্তা উবা ফংলমদে।

মমৈথংদা মহাক্কা তুরেল অমা থেংনরম্মী। তুরেলদু উবদা য়াম্না হরাওরম্মী। ঈশিং খৌরাংমন্দুনা ঈশিংদু তম্না তুরেলদুদা কুমথরম্মী। ঈশিংদু খুজোক খুজোক কল্লগা থক্কবা নোম্থরকপদা ঈশিংগী ঈরৈনা কনমনখিদুনা তুরেলদুদা তাশিল্লম্মী। লমশাং লাকপগী য়াম্না চোকথবা অমসুং ৱাবনা কুইনা ঈরোইবা ঙমদদুনা ঈশিংগী ঈরৈনা পুথখিরম্মী।

তুরেলগী মপান্দা লৈবা অচৌবা নুংজাও অমদা নুপী অমা মখুত্তা পুল পাইদুনা লেপ্লম্মী। মহাক্কা কনামত্তা য়াওদনা নুপা অমা ঈশিংদা তাওথরকপদু উরম্মী। নুপাদুনা নুপীদুগী মনাক নক্কা তাওথরকপদুদা নুপীদুনা ঈশিংদা কুমথদুনা নুপাদু তোর্ব্বান তান্না চিংখৎনবা হোৎনরম্মী। নুপীদুনা কন্না হোৎনদুনা নুপাদু চিংখৎলম্মী অমসুং জ্ঞান লাক্লবা হোৎনরম্মী।

ঙহাক্কী মতুংদা নিংথৌমচানুপাদু জ্ঞান লাক্লম্মী। তপ্না-তপ্না মাগী মীত্তু পাংথোক্লম্মী। মহাক্না মনাক্তা নুপীমচা অমনা সেবা তৌরিবদু উরম্মী।

"নহাক কনানো ? মীংনা করি কৌবগে ?" নিংথৌমচাদুনা হংলম্মী।

নুপীদুনা খুম্লম্মী, "ঐগী মীং মাল্লিকা কৌই। ঐহাক তুরেলসিগী মনাক্তা লৈরিবা য়ুমসিদা ঐগী বাবাগা ঐখোয় অনীদমক লৈ। ঐগী বাবাদুদি পুরোহিতনি।"

নুপীদুনা মাগী পূন্সি কনবিরকপগী দমক য়শোধরমন্না তৌবিমল খঙবা উৎলম্মী অদুগা হায়রম্মী, "শেলনা অমসুং ঐগী সম্রাজ্য ফাওবনা নঙগী লমন শিংবা ঙম্লরোই। ঐহাক নিংথৌমচানি। নহাক্না ঐগী লুহোংবা ঙমগদ্রা?"

নুপীদুনা করিগুম্বা অমত্তা চিংনবা অমদি নুংঙাইতবা পোক্তনা খুল্লম্মী, "নহাক নিংথৌমচানি অদুগা ঐহাক্না ব্রহ্মণনি। নহাক্কী শিনফমদি লালশোক্লবনি অদুগা ঐগী ইপাদি অহল ওইরবা লাইনিংবা ব্রাহ্মণনি। অদুনা ঐ নহাক্কা লোয়ননা লুহোংবা ঙমলোই। মসিগীদমক ঐবু ঙাকপীয়ু।"

অদুগা নুপীদুনা মখা তানা হায়রম্মী, "ঐহাক্না নঙগী নতেং পাংবা ঙমজবসি ঐহাক্কী লাইবক ফবনি। ঐহাকপু নঙগী হেক পোকমিন্নবা নচলনি হায়না খনবিয়ু। মসি নত্তনা ঐহাক্না নঙোন্দগী করিসু পামজদে।"

নুপীদুগী পাউখুমদুদা য়শোধরমনদু হায়নিংঙাই লৈতনা পেল্লম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "ফরে, ঐনা নঙবু ঈচলনি হায়না খল্লগে অদুবু ঐনা ৱাশক্কুনা হায়রিবসিনি, করিগুম্বা নঙনা অৱাবা তারবদি ঐবু নীংশিংলকউ, ঐহাক শোয়দনা নঙগী নাক্তা লাক্কনি। ঐনা ঙম্বমখৈ নঙগী নতেং পাংগনি।" নিংথৌমচাদুনা মাগী মখুত্তা শিরিবা ডাইমণ্ডগী খুদোপ্তু লৌথোক্লম্মী। খুদোপ্তু মাল্লিকাদা

পীদুনা হায়রম্মী, "নঙনা ঐগী ইতেং পাল্লকপা মতমদা খুদোপসিগা কোম্মনা থারকউ, ঐহাক শোয়দনা লাক্কনি। মসিনা ঐনা নীংশিংনবগীদমক্নি।"

মাল্লিকানা মোমোন নোক্রদুনা মাগী মবুং নিংথৌমচাদুদগী নীংশিং খুদোল ওইনা খুদোপ্তু লৌরম্মী।

চহি কয়ামরুম হৌখিরম্মী।

মাল্লিকাদু মথুরাদা লুহোংলম্মী অমসুং মফমদুদা লৈবা চৎখিরম্মী। হুনগী লুচিংবা মীহিরগুলানা লৈবাক কয়াদা হুরান চিন্থি তৌরম্মী। মখোয়গী মায়োক্তা কনামত্তনসু মায়োক্লবা ঙম্লমদে।

নোংমা মীহিরগুলাগী কাংবুনা মথুরাদা লান্দারক্লম্মী অমসুং সহর অদুদা লুট তৌবা হৌরম্মী। মীহিরগুলাগী লান্মীশিংদুনা মাল্লিকা, মপুরোইবা অমদি মচাশিংগা পুন্না ফাদুনা পুখিরম্মী। হুনগী কমান্দরনা হায়রম্মী, "মাল্লিকাগী মচানুপানা হুনগী লান্মীশিংদা য়াওরবদি অমসুং মাগী মচানুপীনা হুনগী মীওইশিংগা লোয়ননা লুহোংলবদি মখোয়বু থাদোক্কনি।"

মাল্লিকা অমসুং মপুরোইবনা মখোয়না হায়রিবা অদু য়ারমদে। মসিগীদমক মখোয়বু ফাদুনা বন্দি ওইনা থম্লম্মী। ৱানা-ৱানা নুমিৎ কয়ানিরোম হৌখিরম্মী। মাল্লিকানা উপায়

লৈত্রবা মখোয়বু কনবিনবগীদমক ঈশ্বরবু খুরুম্লম্মী। মমৈথংদা মহাক্না নিংথৌমচানুপা য়শোধরমনবু নীংশিংলক্লম্মী। মহাক্না শোইদনা মাগী মতেং পাংবা য়াই হায়না খল্লম্মী। অদুবু কমদৌনা কনাদা মাগী পাউ অসিবু থাগদৌরিবনো? মাগীদমক্তা কনানা ডাইমগুগী খুদোপ অসি পুদুনা চৎপীগদগে? মাল্লিকা চমম্লরম্মী, তৌফম খগুলমদে, হায়ফম খগুলমদে।

নুমিৎ খরনি হৌখিরম্মী। নোংমা হুনগী লান্মী অমনা মাল্লিকা অমসুং মপুরোইবনা চানবা উহৈ কয়ামরুম পুরক্লুনা মাল্লিকানা লৈরিবা কাদুদা লাক্লম্মী। লান্মী অসি য়াম্না শাথিনা শোক্লুনা লাকপদা মাল্লিকানা নর্স অমগুম মতেং পাংদুনা সেবা তৌবিদুনা মাগী শিগদৌরবা পূন্সিদগী কল্লকখিবনি। অনাবা, অশোকপদগী করম্না কনগদগে হায়বগী বিদ্যদুদি মাল্লিকানা মপাদগী তমহৌবনি।

মাল্লিকানা নুপাদুদা মানা য়শোধরমনবু কল্লকপা অমদি য়শোধরমনগা মাগা মচিন-মৌপ্পা ওইনসি হায়বগী ৱারী পূম্নমক লিরম্মী। মঙোন্দা পীরকপা ডাইমগুগী খুদোপ অদুসু উৎলম্মী অদুগা মাগী মনাক্তা চৎপীদুনা অৱাবা মপাউশিংসি তম্বীয়ু হায়জরম্মী। হুনগী লান্মী অদু মাল্লিকাদা তৌবিমল উৎপা ওইনা চৎনিংলম্মী অদুবু মহাক মপূক্লিংদা অকিবা অমদি লৈরম্মী।



মাল্লিকানা কন্না হায়জরবদা লান্মীদু য়ানিংদনা য়ারম্মী। মতম অদুদা য়শোধরমনদি নিংথৌ কয়ামরুমবু মায়থিবা পীদুনা শক্তি লৈবা নিংথৌ অমা ওইনা পাল্লম্মী। মাগী শক্তি লৈবা থৌনা ফবা লাম্মী কয়ামরুমসু লৈরম্মী। নিংথৌ কয়ামরুম্না মখোয়গী সিংহাসনশিং অমসুং লৈবাক থাদোক্লদুনা শক্তি লৈনা পানবা

হুনশিংদগী ঙাকথোক্লবগীদমক মখোয় মশেল পনসিন্নবা হোৎনরম্মী। হুনশিংনা লৈবাক অমদা লান্দাবা মতমদা অতোপ্পা লৈবাক কয়ামরুম্না মতেং পাংলম্মী। মরম অদুনা হুনশিংনা লান্দাবিরবা নিংথৌ কয়ানা মখোয়গী মাংথ্রবা সম্রাজ্য অদু হঞ্জিনবীয়ু অমসুং মতেং পাংবীয়ু হায়জরম্মী। অদুবু য়শোধরমন্না হুনশিংগী মায়োক্তা লান্দাবদি পান্নমদে।

নিংথৌ কয়ামরুম্না হুনশিংগী নীতি-নিয়ম য়াওদবা অত্যচার অমদি হুরান চিন্থি তৌবা ময়ামশিং অদুগী পেন্দবা, নুংঙাইতবনা লমন খুন্নিংবা পোক্লম্মী। নিংথৌশিংনা হুনশিংগী মায়োক্তা লান্দানবগীদমক য়শোধরমন্দা লালগীদমক অনৌবা থৌদাং লৌবিনবা হায়জরম্মী। অদুবু য়শোধরমন্না মাংতাকপা থোকহল্লিবা, হুনশিংনা তত্তনা লান্দারক্লিবা পূন্নমকসি লিংজেন মান্নদবদগী থোকপা ঙাক্তনি হায়রম্মী। অদুমওইনমক খুদোংথিবা ময়ামশিং অসিগী মায়োক্তা মতেং পাংদুনা মহাকসু চৎকনি তৌবতবু হুনশিংবু তরাই-তরাইনা মায়থিবা পীগনি হায়বগী খুজিল থৌরাংদুদি হৌজিক হৌজিকমক্তি য়ৌদ্রি হায়না নিংথৌশিংদুদা হায়রম্মী।

হায়নরিবা মতম অসিমক্তদা মীনাই অমনা হুনগী লান্মী অমা থুংলরে হায়না পাউ পীবা চংলক্লম্মী। য়শোধরমন্না হুনগী লান্মী লাকই হায়বা পাউদু তাবদা য়াম্না ঙক্লম্মী। অদুবু মহাক্না

থুনমক লান্মীদু পুশিল্লক্কবা য়াথং তৌরম্মী। লান্মীদু চংলক্রম্মী। মহাক্না মকোক নোল্লদুনা য়শোধরমন্দা মাল্লিকানা পীরকপা খুদোপ্তু পীরম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "ঐহাক মাল্লিকানা থারকপনি, মহাক্তি হুনশিংনা ফাদুনা মপুরোইবা অমদি মচাগা লোয়ননা কৈশুমশংদা থমলি মহাকপু অমুক্তুংদি মতেং পাংবিয়ু হায়জরকই।"

য়শোধরমন্না খুদোপ্তুদা য়েংলম্মী। মহাক্না হৌখিবা খুদিংমক্তু নীংশিংলক্রম্মী। মহাক্না খল্লম্মী, মহাক্কী পূন্সিবু কনবিরকখিবা মাল্লিকানা কৈশুমশংদা ৱানা লৈরি অদুগা মহাক্না নিংথৌগী সিংহাসন্দা নিংথৌগী লুহুপ উপ্তুনা নুংঙাইনা লৈরি। য়শোধরমন্না মাগী ফমফমদগী ফুক হৌগৎলম্মী অদুগা ময়ামদা লাওথোক্লম্মী, "ঐহাক হুনশিংগী মায়োক্তা লাম্হেংনবা শেম শারে।" মাগী লান্মীশিংদু লানগীদমক শেম শানবা য়াথং তৌরম্মী অদুগা মহাক মশামকসু লানফমদুদা লাম্হেংনবা চৎকনি হায়রম্মী। নিংথৌ কয়ামরুমসু মাগী লানগী খোঙজংদুদা য়াওরম্মী।

হুনশিংগা য়শোধরমনগা অচৌবা লাঞ্জাও অমা শোক্লম্মী। লান্দুদা হুনশিংদু মায়থিরম্মী। হুনগী লান্মীশিংদু মচোই-মচোই কাইদুনা চেল্লম্মী।

লান মায়পাক্লবা মতুংদা য়শোধরমন্না মথুরাদা মাল্লিকা উন্নবা লাক্লম্মী। মথুরা য়ৌবদা নুমিৎ কয়ানিরোম চংলম্মী। অদুবু মহাক্না মথুরাদা থুংলবা মতম অদুদদি মাল্লিকাগী অশিবা মশা ওইনা থেংনরম্মী।

য়শোধরমন্না মাল্লিকাবু কনবা ঙমহৌদবদুগীদমক অসুক্কী মতিক মথ্বায় নুংঙাইরমদে অদুবু মহাক্না মাল্লিবা কনবা ঙমহৌদ্রবসু মাগী মমা লৈবাকপুদি কনবা ঙমহৌরে।

# গোহগী ৱারী

বল্লভি হায়রিবা লম অসি সাউরাষ্ট্রদা লৈবা য়াম্না মমিং লৈবা সহর অমনি। মসি সুর্য্য শাগেগী অফাওবা নিংথৌ সিলাদিত্যগী কোনুংনি।

সিলাদিত্য সুর্য্য শাগেগী য়াম্না কনথৌবা নিংথৌনি। মহাক্না নিংথৌ কয়াবু মায়থিবা পীদুনা মঙোন্দা লোইপোৎ কাহল্লম্মী।

সিলাদিত্য য়াম্না থৌনাফবা নিংথৌ অমা ওইবতা নত্তনা য়াম্না পূকচেল চাউবা, মীনুংশি লৈবা অফবা নিংথৌ অমসু ওইরম্মী। মানা মাগী লৈবাক অদু য়াম্না মরা তপ্না ঈংনা ঙাক্লম্মী। লৈবাক অদু মফম খুদিংমক্তা য়াম্না চাউখৎলম্মী অমসুং শান্তি লৈরম্মী। মাগী লৈবাক অসি য়াম্না ইনাক খুনবা লৈবাক ওইরম্মী।

লৈবাক কয়ামরুম্না সিলাদিত্যগী য়াম্না ঈংনা নুংঙাইনা চাউখৎপা লৈবাক ওইনা লৈবসিদা কল্লকুম্মী অদুনা লান্দানিংলম্মী। টারটারশিংনসু লৈবাক অসিদা কমদৌনা লান্দাগদগে হায়দুনা খুদোংচাবা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

সিলাদিত্যগী মহারাণী পুস্পাবতি য়াম্না পূকচেল চাউবা, মশক মতৌ ফজবা নুপী অমা ওইরম্মী। মহাক্কী মচানুপা পোকপদা প্রজা পুম্নমক হরাওরম্মী। নুমিৎচুপ্পা হরাওবা ফোংদোক্নুনা চাকলেন কয়া লাংদুনা নুংঙাইরম্মী।

অদুবু টারটারশিংনা নিংথৌ সিলাদিত্যগী কম্মান্দর অমসুং মিনিষ্টরশিংদগী অরোনবা ৱা কয়ামরুম খঙদোক্লম্মী। শেল পাম্বা মিনিষ্টরশিং ওফিসারশিংনা য়াম্ন পূকচেল শেংনা থবক তৌজবা নিংথৌ সিলাদিত্যবু য়ানিংলমদে।

অদুনা নিংথৌগী মচানুপা পোকপগী হরাও-কুম্মৈ তৌরিঙৈদা টারটারশিংনা লান্দারক্লম্মী। টারটারশিংগা নিংথৌ সিলাদিত্যগা অকনবা লাল শোক্লরম্মী। মশামক্কী মন্ত্রি অমদি প্রজা য়াওনা য়েক্লবগী মতেং পাংখিবদগী হান্না শেম শাহৌদবা নিংথৌ সিলাদিত্য

মায়থিরম্মী। লানফমদা নিংথৌ সিলাদিত্যবু হাৎতোক্লম্মী। সহর অপুম্বা মাংতাকহল্লম্মী।

মহারাণী পুস্পাবতিনা মাগী পীক্রিবা মচা, থাজরবা মনাইনুবী কমলা অমদি অতৈ অতোপ্পা খরগা লোয়ননা নাম্থোক্লম্মী। মখোয়না লাইশঙ অমদা চংজফম লৌরম্মী। অদুবু মখোয় মফম অদুদা লৈজরবসু পোৎথাফম খঙলমদে মরমদি লান্দাবা কাংবুশিং অদু মফম অদুদগী পংলাপ লাপ্না লৈরমদে অদুনা মখোয়না মহারাণী অমসুং নিংথৌমচানুপাবু থিরকপা য়াই।

মহারাণীগা লাকমিন্নবা কাংবুশিং অদুদি কমলা নত্তনা অতৈদি মফমদু থাদোক্তুনা চৎখিরম্মী। মখোয় অনীসু মফম অদু থাদোকপা হায়না লেপ্লরম্মী। নোংমা নুমিদাং অমদা মখোয়না মফমদু থাদোক্তুনা লোম্না লাক্লম্মী অদুগা অরাপ্পা শুরুং অমদা চংজফম লৌরম্মী।

মফম অদুদা মহারাণী, কমলা অমসুং পীক্লিবা নিংথৌমচানুপাদুগা লোয়ননা লৈরম্মী। মহারাণী পুস্পাবতি মপুরোইবগা কায়নবদা অসুক্কী মতিক মথ্বায় নুংঙাইরমদে। মহাক ব্রাখল লায়নানা নারম্মী।

মতম্না অসুম-অসুম হৌজিনখিবগা লোয়ননা মহারাণীগী মশা অদু নোংম-নোংমগী ফগৎলকপগী মহুত্তা শোঞ্জিনবা

হেল্লম্মী। মহাক্না মখুৎ লোম্নরদুনা মনাইনুপী কমলাদা অঙাংদুবু য়েংশিনবিয়ু হায়না শিন্নরম্লগা অরোইবা শ্বর হোল্লম্মী।

মহারাণী লৈখিদ্রবদা কমলা তৌফম খঙলমদে। মহাক অৱাবা ঈপাক্তা তারম্মী। অদুমওইনমক মহাক পাংদবা নুপী অমদি নত্তে। মহাক্না অঙাং অদুবু য়াম্না চেকশিন্না য়েংশিন্দুনা য়োক্লম্মী। মহাক্না শুরুং অসিদা অঙাংদুগা মখোয় অনীদমক য়াম্না কুইথনা লৈবদু পাম্লমদে। অদুনা মহাক্না মাগী মমা-মপাগী ময়ুমদা চৎলগে হায়না লেপ্লম্মী। অদুবু মাগী মপাগী ময়ুমদা চৎপগী খোঙচৎ অদুদি অসুক্কী মতিক শাংলম্মী। খুদোংথিনিংঙাইসু ওইরম্মী।

মহাক্না নুংথিল চৎপদি কিরম্মী মরমদি য়েক্লবশিংনা মহাকপু করিগুম্বা ফারবদি অমদি তাক্তবা য়াদদুনা মশক মমিং তাকপদা পীক্লিবা নিংথৌমচানুপা অদুবু হাৎতোকপীখিগদ্রা হায়না মীপাইরম্মী।

মরম অদুনা মহাক্না নুমিদাং নুমিদাংদমক চৎলগা নুংথিলদনা শক লোত্তুনা লৈরম্মী।

য়াম্না ৱানা নুমিৎ কয়ানিরোম চংনা চৎলবা মতুংদা কমলানা মপাগী ময়ুম বিরনগর য়ৌরম্মী। মহাক্না মপাগী মনাক্তা লৈদুনা নিংথৌমচা অদুবু চাউনবা য়োক্লম্মী। মহাক্না মমা অমা ওইনা

মহাক্না হেক ঙন্নীবমখৈ মহৈ-মশিং তম্বীরম্মী। অদুগা নিংথৌমচা অমা ওইনা হৈফম থোকপা বিদ্যা খুদিংমকসু তম্বীরম্মী। মহাক্না নিংথৌমচা অদুবু গোহ্ হায়না মমিং থোল্লম্মী। মহাক্না জঙ্গল ভিলগী অঙাংশিংগা শাদানবা চৎলম্মী। গোহ্ মমান্নবা ময়ামগী লুচিংবা অমসু ওইরম্মী। শাদানবদা য়াম্না হৈশিংবা নুপা অমা ওইরম্মী।

মন্দলিক্না জঙ্গলগী লমদা ভিলগী লুচিংবা ওইনা লৈরম্মী। ভিলগী সম্রাজ্য অসি নিংথৌ সিলাদিত্যগী মখাদা লৈবা লম অমনি। লুচিংবা মন্দলিক্না নিংথৌবু অচৌবা লৈবাক ঙাকপা হৈবা অমা ওইনা ইকাইখুম্নজবা নিংথৌনি। সিলাদিত্যনা শিগ্রবা মতুংদা মন্দলিক্না মনিং-মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইনা লৈরম্মী অদুবু মতম পূন্নমক্তা মহাক্না শিগ্রবা মতুংদা কনানা মহুৎ শিলহৌগদগে হায়বগী লাংতক্লবা অমদি লৈরম্মী।

ভিলশিংগী চহিগী হরাও-কুম্মে য়ৌরক্লম্মী। ভিলশিংনা চহিগী পাংথোকপা অচৌবা কুম্মে অসিদা জগোই-ঈশৈ তৌরম্মী। চান্ন-থক্লবা কয়াসু লাংলম্মী।

নুমিৎ অসিদা গোহনা মহাক্কী মরুপশিংগা লোয়ননা অসুকপা জঙ্গলদা শাতানবা লাক্লম্মী। ইখং খংহৌদনা গোহনা

অচৌবা শওম অমা উরম্মী। মহাক্না য়াম্না হৈশিংনা শাদু হাৎনবা হোৎনরম্মী। মহাক্না য়াম্না শিংনা তুংলোমদগী লাক্লগা মাগী তানা থিন্দুনা হাৎলম্মী। গোহগা লাকমিন্নবা নুপামচাশিংদুনা শাদু হাৎপদা হরাওদুনা জগোই শারম্মী। মখোয়না গোহবু হরাওনা নুংশিনা কোনবিরম্মী। নুপামচাশিংদুনা শওম অদু ভিলগী লুচিংবা মন্দলিক্তা মখোয়গী হরাও-কুম্মৈ অদুগী খুদোলপোৎ ওইনা পীবা পাম্লম্মী। গোহসু মমান্নবশিংনা হায়রিবা ৱাফম অদু য়ারম্মী। নুপামচাশিংদুনা চাউরবা, লুম্লবা শওম অদু পুরগা চৎলম্মী। গোহসু মখোয়গা লোয়ননা চৎলম্মী।

মন্দলিক্লা নুংগী সিংহাসন্দা ফম্লগা ভিলগী নুপী-নুপাশিংনা জগোই শারম্মী। তাঞ্জাসিদা নুপামচাশিংদুনা শওমদু পুরক্লুনা মখোয়গী লুচিংবা মনদলিক্তা পীরম্মী। লুচিংবদুনা শাদুদা য়েংলম্মী। শাদু মশক খঙলম্মী। মহাক্না কয়ারক হন্না হাৎনবা হোৎনরম্লবনি অদুবু হাৎপা ঙমখিদ্রবনি। মহাক্না হংলম্মী, "কনানা শওম অসি হাৎপনো?"

নুপামচা অমনা গোহদা খুদোম্বী থিন্দুনা হায়রম্মী, "মহাক্না হাৎপনি।"

"নহাক কনানো, নহাক্কী নমিং কেরি কৌবগে?" মনদলিক্লা হংলম্মী। লাকমিন্নবা নুপামচা অমনা খুম্লকই, "মহাক্কী মমিং গোহ কৌই।"

মহাক ব্রাহ্মণ অমগী মচানি, মহাক জঙ্গল অসিগী ৱাংমদা লৈবনি। অদুগা মখাতানা হায়রকই, "মহাক ঐখোয়গী মরুপনি, ঐখোয়গা মতম অয়াম্বদা শান্নমিন্নে, পুন্না শাদানবসু চৎমিন্নে।"

মন্দলিক্লা লাউনা হায়রম্মী, "ব্রাহ্মণ অমগী মচানি হায়বা! ব্রাহ্মণ মচানবু অসিগুম্বা শাসি হাৎপা ঙম্বা!"

"হোয় মান্নি।" গোহনা খুন্নম্মী, "ঐনা শাদু হাৎপনি, ঐহাক ব্রাহ্মণ অমগী মচানি।"

মন্দলিক্লা মানা হায়রিবদু থাজবা ঙল্লমদে। মহাক্লা গোহগী মঙকশমদা শিরিবা এমুলেট অদু উরম্মী। মতমদুগী চৎনবী অমা ওইনা অঙাং অমা পোকপদা মমা নত্রগা মপানা অঙাংদুগী মঙকশমদা ফত্তবদগী ঙাকথোক্লবা এমুলেট অমমম শিরম্মী। শিরিবদুগী মনুংদা অঙাংদুগী পোকপগী তারিক অমসুং মমা মপাগী মমিং থাই। মহারাণী পুস্পাবতিনা মচানুপাগী মঙকশমদা এমুলেট অসি য়াম্না চেকশিন্না শিবিরম্মী।

মন্দলিক্লা মদু য়েংবা পাম্বদগী লৌথোক্লক্লবা য়াথং তৌরম্মী। গোহনা লাওরদুনা হায়রম্মী, "য়ারোই, মসি লৌথোকপা শুকয়া য়ারোই।"

মন্দলিক্কা মাগী মীশিংদুদা এমুলেট অদু নমদুনা লৌথোক্লবা য়াথং তৌরম্মী। গোহনা মদু মঙোন্দা ইকাইবা পীরিবনি খন্দুনা এমুলেট লৌথোকপা চংলকপা খুদিংমক্কা মায়োক য়ারম্মী। অদুবু মখোয়গী মীনা য়ামখিবনা গোহ উপাই লৈরমদে, মখোয়না নমদুনা এমুলেট অদু লৌথোক্লম্মী। মন্দলিক্কা মদু হাংদোক্লম্মী অদুগা মনুংদা য়াওরিবদু পারম্মী। নুপামচা অদু কনানো হায়বা খঙলম্মী।

মদু খঙবদা মন্দলিক হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে।

মহাক্কা গোহবু মনাক্তা চিংশিল্লম্মী অমসুং য়াম্না নুংশিনা চেজেৎ কোনশিনবিরম্মী। মাগী মীত্তা নুংঙাইবগী পি শিন্থরম্মী। মানা মতম পূম্নমক্তা য়াম্না ইকাই খুম্নজরিবা নিংথৌ সিলাদিত্যগী মচা ওইরম্বদুদা মাগী মহুৎ শিনবিনবা লৈতে হায়না ৱারম্বদু ইরাই লাইনা ফংবদুদা হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মহাক্কা নুপামচা অদুবু নুংগী সিংহাসন মথক্তা থাঙ্গৎলম্মী অদুগা লৈগী লুহুপ অদু উপ্পিরম্মী।

মন্দলিক্কা ময়ামদা নুপামচা অসিনা মখোয়গী নিংথৌ ওইরে অদুনা মঙোন্দা ঈকাইখুম্নবা উৎকদবনি হায়না লাউথোক্লম্মী।



কমলা অমসুং মপানা পাঙ্দু তাবদা মফম অদুদা লাক্লম্মী। মখোয়না
মফমদুদা গোহ্নু নিংথৌগী লূহুপ উপ্পুনা ভিলগী নিংথৌ ওইনা সিংহাসনদা

গোহ নোংম-নোংগী চাউখৎলকপগা লোয়ননা য়াম্না থৌনাফবা, হৈশিংবা নিংথৌ অমা ওইরম্মী। মহাক্না ভিলগী নিংথৌ শাগৈগী মমিং লৌদুনা মাগী শাগৈগী মমিং থোনবা তৌরমদে। মাবু য়োকপীরক্লিবা কমলাবু ইকাইখুম্নবা উৎতুনা মাগী মমিং গোহ থোনবিবা অসিগী মমিং লৌদুনা মাগী শাগৈবু গেহলোট হায়না মমিং থোক্লম্মী।

# লমন খুন্বা

ভারত্তা বুদ্ধনা লৈরিঙৈ মতমদা কোসলা কৌবা য়াম্না মমিং লৈবা সম্রাজ্য অমা লৈরম্মী। মসিগী কোনুংদি রাপতি তুরেলগী মপান্দা তাবা অচৌবা সহর সরাবসতিনি। প্রসেনজিৎনা কোসলাগী নিংথৌনি। মহাক বুদ্ধবু য়াম্না নিংজবা নুপা অমনি। মহাক্না আশ্রম কয়ামরুম অমদি বুদ্ধগী লাইশংনচিংবা শারম্মী। বুদ্ধ মশামকসু মহাক্না শারিবদু য়েংবা চৎলম্মী। মফমসিদা অফাওবা মুর্ত্তি শাবা কয়ামরুমসু লৈরম্মী। অসিগীসু মথক্তা নিংথৌ প্রসেনজিৎনা মাগী কোনুংদা নুমিৎ খুদিংগী লম্বোইবা ৫০০ রোম পীজ-পীথকপগী থৌরাং তৌরম্মী।

নোংমা নিংথৌ প্রসেনজিৎকী কোনুংদা চাবা লাকপদা লম্বোইবশিংদু কোনুংদা করিগুম্বা অমত্তা চাদনা অচা-অথকশিংদু পুদুনা হনখিরম্মী। মখোয়না কোনুংদা চাবগী মহুত্তা মখোয়গী

মরিমতা অমদি মরুপশিংগী ময়ুমদা ওইনা চারম্মী। মদু উবদা নিংথৌ প্রসেনজিৎ য়াম্না ঙক্লম্মী। লম্মৈইবশিংদুনা করিগীদমক্তা চাদ্রিবনো হায়বদু মহাক্না খঙনবা হোৎনরম্মী।

নিংথৌনা খঙলম্মী, লম্মৈইবশিংদু সাক্য ঙাক্তনি। সাক্যশিং অসিনা কোসলা নিংথৌ শাগৈদগী চাউবা হেনবা মরম্না নিংথৌগী কোনুংদা চাবা থকপদু তৌবা পাম্লমদে।

মসিদা নিংথৌ প্রসেনজিৎনা খল্লম্মী মহাক্না সাক্য নিঙোল অমা লুহোংদুনা মহারাণী হাপ্লবদি মহাকপু সাক্যশিংনা ইকাই খুম্নবা উৎকনি। মরম অদুনা নিংথৌ প্রসেনজিৎনা সাক্যগী নিংথৌ মচানুপী অমা লুহোংবা পাম্লম্মী। অদুবু কমদৌনা থবক অসি পাংথোক্কদগে হায়না খল্লম্মী।

নোংমা নিংথৌনা শাতানবা চৎলম্মী। মহাক্না শা ফংনবা তান্নবদা মাগা লাকমিন্নবশিংদগী লাপথোক্লম্মী।

অসুম অসুম য়াংনা চেল্লিবা শাদু ফংননবা তান্নরকপদা লাকমিন্নবশিংদগী য়াম্না হেন্না লাপথোক্লম্মী। মমৈথংদদি সাক্যগী কোনুং য়ৌরক্লম্মী। সাক্যশিংনা নিংথৌ প্রসেনজিৎপু উবদা য়াম্না ইকাই-খুম্নবা ওক্লম্মী। মখোয়না নিংথৌ প্রসেনজিৎপু মখোয়গী

নিংথৌগী মনাক্তা পুশিল্লক্রম্মী। নিংথৌনা য়াম্না হরাওনা তৌরম্মী। নুমিৎ খরনি সাক্যগী কোনুং কপিলাবস্তুদা লৈরম্মী।

নুমিৎ খরনি লৈবসিদা নিংথৌ প্রসেনজিৎনা সাক্যগী নিংথৌমচানুপী অমা লুহোংনিংবগী অপাম্বদু ফোংদোক্রম্মী। সাক্যশিংনা মদু তাবদা য়াম্না ঙক্রম্মী। মখোয়না কৈদৌঙৈদসু নিংথৌ প্রসেনজিৎতগী অসিগুম্বা ৱা অসি হায়দোরক্কনি হায়বা থাজরুদে। মখোয়না সাক্যগী নিংথৌ মচানুপীবু মঙোন্দা লুহোংবা পাল্লমদে। অদুবু সাক্যশিং অসিদি কোসলাগী মখাদা লৈবা লমনিনা মহাক্না হায়বদু য়াদবসু ঙল্লমদে।

ৱাফম অসি সাক্যশিংনা খন্ন-নৈনরম্মী। সাক্যশিংগী নিংথৌ মহানমানা ৱাফম অসিদি নিংথৌ প্রসেনজিৎনা পেননবা লিনসু শিনবা চৈশুসু তেক্তনবা তৌবা তারে হায়রম্মী। নিংথৌনা হায়রম্মী, "ঐগী ইচানুপী বাসভি কৌবা অমা লৈ, মহাক্কী মমা অদুদি মীনাইনুবীনি। নুপীমচা অসি চহি ১৬ শুরে, মহাক মশক্তি য়াম্না ফজে। ঐখোয়না মাবু কোসলাগী নিংথৌদা ঐখোয়গী শাগৈগী মীনি হায়না পীরসি। সাক্যশিংনা ৱাফমদু য়ারম্মী। নিংথৌ প্রসেনজিৎতা মীনাইনুবীগী মচা অদু সাক্য নিংথৌগী মচানুপীনি হায়দুনা লুহোংলম্মী।



নিংথৌনা মাগী লৈবাক্তা নৌনা লুহোংলকপা নুপী অদু পুরদুনা হল্লক্রম্মী। য়াম্না চাউনা কুম্মৈ-হরাও তৌরম্মী।

নুমিদাং ওইরবদা নিংথৌনা মাগী কাদা চংলকপদা নুপীদুনা কপ্তুনা লৈরম্বদু থেংনরম্মী। নিংথৌনা মঙোন্দা করি মরমগী কপ্লীবনো হংলম্মী।

নুপীদুনা খুল্লম্মী, "সাক্যশিংনা নঙোন্দা অচৌবা নমথাক অমা তৌবিরে।"

নিংথৌনা ঙক্না হংলম্মী, "কমদৌনা তৌরিবনো?"

নুপীদুনা হায়রম্মী, "সাক্যশিংনা নঙোন্দা সাক্য-শাগেগী নিঙোল অমত্তা লুহোংবা পামদে। মরম অদুনা ঐহাকপু সাক্যগী লুচিংবা মহানমাগী মচানুপীনি হায়জিন্দুনা নঙোন্দা পীরক্লিবনি।

"ঐহাক্তি সাক্যগী মহারাণীনা পোকপা নত্তে, মীনাইনুপীগী মচানি।"

নিংথৌ প্রসেনজিৎনা মদু তাবদা অসুক্কী মতিক মথ্বাই নুংঙাইরমদে, মহাক্না সাক্যশিংগী মায়োক্তা লমন খুম্বা পাল্লম্মী অদুবু অমুকসু খন্থরুরগদি মহাক্না মখোয়বু ঙাকপীবা পাল্লম্মী।

নিংথৌনা মাগী নুপীবু নুংশিনা কোনখৎপীরম্মী। পিরাং শিন্থনা কপ্লীবদু থেমজিনবীরম্মী। তৌইগুম্বসুং মীনাইনুপীগী মচানুপী বাসভিনদি সাক্যশিংগী নমথাক অদুবু কাওরমদে, মখোয়বু মানা তুক্কৎচরম্মী। নিংথৌ প্রসেনজিৎকী মীনুংশি চাউবা, থম্মোয় থোৎপা অদুগীদমক মাগী থম্মোয়দা চাউথোকচবা ফাওরম্মী। মহাক্না নিংথৌবু হেন্না নুংশিজরম্মী। মখোয়গী নমথাক অদু মাগী পূন্সিনা লৈরিবমখৈ কাওগনি হায়বা থাজরমদে।

মতম্না চৎখিবগা লোয়ননা নিংথৌ প্রসেনজিৎসু মচানুপা অমা ফংজরম্মী। অঙাংদু য়াম্না মশা ফবা, মশক মতৌ ফজবা অমা ওইরম্মী। অঙাংদুগী মমিং বিরুধক হায়না থোল্লম্মী। অঙাংদুনা চাউরবা মতমদা মাগী মখৌ অমসুং মবোকপু হংলম্মী। মহাক্না মমাগী মপামদা মখৌ অমসুং মবোকপু উন্নবা পাল্লম্মী। অদুবু করিগীদমক্তা মমা মপানা অমুক্তা চৎত্রিবনো হায়না খল্লম্মী।

বিরুধক্না মমাদা কন্না তকশিল্লক্রবদা মমানা হায়রম্মী, "নহাক্কী নখৌ অদুদি সাক্যগী নিংথৌনি, মখোয়গী লৈবাক অদুদি মফম অসিদগী য়াম্না লাপ্না লৈ।" অদুবু নিংথৌমচা নুপা বিরুধক্না লাপ্পবসু লাপ্না মফম অদুদা চৎকে হায়না খল্লম্মী। মচাবু সাক্যগী লমদা মমানা চৎহনবা পাল্লমদে অদুবু মচানুপানা কন্না তকশিল্লক্রবদা য়াদবা ঙমদদুনা চৎনবা য়াথং তৌরম্মী। মানা হান্না মাংজৌননা মাগী মচানুপা লাক্কনি হায়দুনা মপাদা চিঠি থাখিরম্মী।

সাক্যশিংনা নিংথৌ প্রসেনজিৎকী মচানুপা লাক্কনি হায়বগী পাউদু তাবদা নুংঙাইবা পোক্রমদে। মখোয়না মাবু মীনাইনুপীগী মচানিনা ইকাই খুম্নবা অমদি হরাও তয়াম্না ওকপা পাল্লমদে। অদুবু সাক্যশিংনা নিংথৌ প্রসেনজিৎকী মখাপোনবা লৈবাকনিনা মহাক্কী মচানুপাবু তাথি তাওইনা, ব্যবহার য়াওদনা তৌরুব্বদি য়াদে।

নিংথৌমচা বিরুধক্কা সাক্যগী কোনুংদা থুংলবা মতমদা মাবু হৌনবী মতুংইন্না ওকপদগী হেন্না থোইদোক-হেন্দোক্না মা লাকপগীদমক পূক্লিং চিংশিনবদি তৌরমদে। নিংথৌমচা বিরুধক্না মহাক্কী সাক্যগী মথৌ অমদি প্রজাশিংদগী মাবু নুংশিবগী মওং অমত্তা উবা ফংলমদে। মহাক্তি সাক্যশিংগী নূংগী ৱা পূন্নমক অদুদি করিমত্তা খঙদে।

বিরুধক্না মথৌগী মনাক্তা নুমিৎ খরনি লৈরম্লবা মতুংদা ময়ুমদা হন্নবা শেম শারম্মী। বিরুধক্কা লাকমীন্নবা এস্কোর্ট (ঙাক-শেনবা) অমনা কোনুংগী মীয়াম তিনফমদা চংলকপদা ইঙক ঙকপা থৌদোক অমা উরম্মী মদুদি মীনাইনুপী অমনা নিংথৌ মচা বিরুধক্না ফম্লম্বা মফম অদু চামথোক্কুনা লৈরম্মী। মহাক্না করিগী চাম্লিবনো হায়না হংবদা মীনাইনুপী অদুনা খুম্লম্মী, ফমফম অসি মীনাইনুপী অমগী মচানা ফম্লম্বনি, বিরুধক অসি মীনাইনুপী বাসভিনা পোকপা মচানি অদুনা মানা ফম্লম্বা মফম অসি চাম্লিবনি।

এস্কোর্ট অদুনা নিংথৌমচা বিরুধক্তা ৱা পূন্নমক অদু তম্লম্মী। নিংথৌমচাদু মদু তাবদা য়াম্না নুংঙাইরমদে। মঙোন্দা খোইরাংবা, নুংনাংবা, নুংঙাইতবা অমা ফাওরম্মী। মহাক্না ময়ুমদা

থুংলবগা ৱা পূন্নমক অদু মমাদা তল্লম্মী। মহাকপু মীনাইনুবীগী মচানি হায়রিবসি চুম্রা হায়না হংলম্মী।

মমানা হায়রিবশিংদু চুম্মী হায়না খুল্লম্মী।

"মহাক মীনাইনুপী অমগী মচানি অদুবু মাগী মপাদি সাক্যগী লুচিংবা মহানমানি। সাক্যশিংনা নহাক্কী নপাবুংদা মীনমদুনা ঐহাকপু সাক্য নিংথৌগী মচানুপীনি হায়দুনা লুহোংবনি।"

মদু তাবদা বিরুধক্কা শাওরদুনা লাউরম্মী, "অদু ওইরবদি ঐগী ইপাদা মখোয়না তৌখিবা অদুগীদমক সাক্যশিংদা অফবা পাড়া অমা তম্বীবা চৎকনি।"

নোংমা-নোংমা মতম হৌজিনখিবনা চহি কয়া চৎখিরম্মী। নিংথৌ প্রসেনজিৎ অহল ওইরক্লম্মী। মহাক্কা শিরবা মতুংদা মচানুপা বিরুধক্কা নিংথৌ ওইরম্মী। মহাক্কা কৈদৌঙৈদসু মাগী ৱাশক অদু কাওরমদে। মহাক্কা লান্মী কয়ামরুম পৈশিন্দুনা সাক্যশিংগী মথক্তা লান্দারম্মী। লান্দুদা সাক্যশিং অয়াম্বা শিরম্মী। সাক্যগী কোনুং কপিলাবস্তু ফাওবা পুমকাই কাইদুনা উৎ ওল্লম্মী।

# পৃথ্বিরাজ চৌহান

পৃথ্বিরাজ চৌহাননা দিল্লীদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মনুংদা অরোইবা হিন্দু নিংথৌনি। মহাক অচৌবা লৈঙাকপা হৈবা নুপা অমনি। মহাক্কী প্রজাশিংনা মহাকপু য়াম্না নুংশিরম্মী। মহাক্কী থৌনাফবগী ৱারী কয়ামরুম লৈ। ঙসি ফাওবদা মীশিংনা মহাক্কী থৌনাফনা মায়পাকখিবশিং পালন তৌরি। মহাক্কী মগুণ কয়া থাগত্তুনা ঈশৈ শক্করি।

মহম্মদ ঘোরীনা ভারত্তা লাক্লুনা পৃথ্বিরাজগী মথক্তা লান্দারম্মী। তৌইগুম্বসুং পৃথ্বিরাজগী লান্মীনা য়াম্বা হেনখিবনা ঘোরী মায়থীরম্মী। ঘোরীগী মী কয়ামরুম শিখিরম্মী। অতৈ অতোপ্পা কয়ানা হিংননবগীদমক চেনখিরম্মী। ঘোরী মশামক বন্দি ওইনা ফাদুনা থল্লম্মী। মাবু পৃথ্বিরাজগী মমাংদা পুরক্লম্মী। পৃথ্বিরাজনা মহাকপু নিংথৌ অমা ওইনা ইকাইখুম্নরম্মী অমসুং থাদোকপীরম্মী।

মহম্মদ ঘোরী মাগী লৈবাক্তা হনখিরম্মী। মতম খরা লৈরগা লাম্মী খরগা হেন্না পুদুনা অমুক লাকলম্মী। মহাক্না পৃথ্বিরাজগী মায়োক্তা অমুক্না হন্না লান্দারম্মী। অচৌবা লাঞ্জাও অমা থোক্লম্মী। মদুদসু মহম্মদ ঘোরী মায়থিদুনা বন্দি ওইনা ফারম্মী। পৃথ্বিরাজনা মহাকপু অমুক হন্না তৌরক্তনবা পাউতাক পীরম্মী অমসুং অমুক্না হন্না থাদোকপীরম্মী।

মহম্মদ ঘোরীনা পৃথ্বিরাজ চৌহানগী য়াম্না ইনাকখুনবা চাউখৎলবা লৈবাক অদু লৌগে হায়না মপুক্লিংদা খল্লম্মী। মহাক্না লাম্মী হেন্না পুদুনা দিল্লী তম্না অমুক্কসু চংশিল্লম্মী। মদুদসু মায়থিদুনা বন্দি ওইনা ফারম্মী। অদুবু পৃথ্বিরাজনা অহুম্নক শুবা ওইনা অমুক্কসু থাদোকপীরম্মী।

ঘোরীনা কয়ারক হন্না পৃথ্বিরাজগী লম অদু লৌনবা হোৎনরবসু হোৎনবা খুদিংমক মায়থিদুনা বন্দি ওইনা ফারম্মী। অদুবু পৃথ্বিরাজনদি করিগুম্বা দন্দি অমত্তা পীদনা থাদোকপীরম্মী।

পৃথ্বিরাজদা মাগী মরুপশিংনা অসিগুম্বা য়েক্লবা অসিদি মরু ফংনা মাংহনগদবনি নৎত্রবদি মসিনা অচৌবা খুদোংথিবা অমা ওইরকপা য়াই হায়রম্মী। অদুবু পৃথ্বিরাজনদি মপাঙ্গল শক্তি

পুন্নমক প্রজাশিংগী খুত্তা লৈ, মখোয়দা থাজবা থল্লি হায়না খুল্লম্মী। মহাক্না মী অমবু য়াম্না মীনুংশি খঙদনা হাংপদুদি পাল্লমদে।

অদুবু পৃথ্বিরাজ চৌহানগী থৌওংদা মহাক্কী প্রজাশিংগী মরক্তা খেৎনবা মোৎ কয়ামরুম লৈরম্মী।

অসিগুম্বা তাঞ্জাসিদা মহম্মদ ঘোরীনা অকনবা লান্মী ময়ামগা লোয়ননা লাক্লম্মী। মহাক্না পৃথ্বিরাজগী মীশিংগী মরক্তা মোৎ মান্নদবা কয়া অমা লৈরে হায়বা খঙলম্মী। মহাক্না দিল্লী তম্না চংশিল্লক্লম্মী। অচৌবা লাল অমা মহাক অমসুং পৃথ্বিরাজগী মরক্তা শোক্লরম্মী। পৃথ্বিরাজনা মশাগী মথৌনাগা লোয়ননা লান্থেংনরম্মী অদুবু মহাক মায়থিরম্মী। মহাক মহাক্কী প্রজাশিংগা লোয়ননা বন্দি ওইনা ফারম্মী।

মহম্মদ ঘোরীবু দিল্লীগী সুলটান ওইনা নিংথৌ হাপ্লম্মী। মহাক্না পৃথ্বিরাজ অমসুং চান্দ বরদাই, কোনুংগী কবি অসি নত্তনা অতৈ বন্দিশিং লোইনমক মঙক কক্তুনা হাৎনবা য়াথং তৌরম্মী। পৃথ্বিরাজবু মমিৎ তাঙহল্লম্মী অমসুং জেলদা থল্লম্মী।

মহম্মদ ঘোরীনা চান্দগী শৈরেং খরা মাবু নুংঙাইনবগীদমক তাবা পাল্লম্মী। নোংমা ঘোরীনা চান্দগী শৈরেংশিংদা পৃথ্বিরাজগী মগুণ ময়াম শৈথাদুনা থিবা শৈরেংশিং তারম্মী। শৈরেং অমদা



পৃথ্বিরাজনা শাদানবা চৎপদা লমলক্কী শা অমা মমিৎ উদ্রবসু মখোন্দা তাবদা শাদু হাৎপা ঙম্মী হায়বগী শন্দোক্লা তাকপা শৈরেং অমসু য়াওরম্মী। পৃথ্বিরাজবু "শাব বেদি" হায়না খঙনরম্মী মসিগী অর্থদি কনাগুম্বা অমনা মমিৎ উদ্রবসু খোঞ্জেল লাকপা মায়কৈদা পান্দম থমদুনা হাৎপা ঙম্মী হায়বনি।

মহাক্না হায়রিবা অসি মহম্মদ ঘোরীদি থাজবা ঙম্লমদে। মহাক্না মসি থবক ওইনা পাংথোক্লগা য়েংবা পাম্লম্মী। মহাক্না ফাজিন্দুনা থম্লীবা পৃথ্বিরাজবু উম্নরম্মী অমসুং মহাক্কী হৈশিংবদু নুংঙাইননবগীদমক উৎন্নবা হায়রম্মী। পৃথ্বিরাজনা মহাক্না হায়রিবদু য়াৱমদে। ঘোরীনা চান্দা মহাক্কী মবুংঙোনা থবক্তু পাংথোক্লনবা তকশিলম্মী মরমদি মমিৎ উদনা পৃথ্বিরাজনা করিগুম্বা পোৎ অমদা পান্দম থম্লগা করম্না কাপ্পগে হায়বদু উৎনবা।

চান্দনা পৃথ্বিরাজগী মনাক্তা চৎলম্মী। মহাক্না ঘোরীগী অপাম্বদু পাংথোক্লবা হায়রম্মী। পৃথ্বিরাজনা মহাক্কী মরুপ চান্দা মহম্মদ ঘোরীগী অপাম্বদু থুংহনগনি হায়বদু তাবদা ঙক্লম্মী।

তৌইগুম্বসুং চান্দনা মঙোন্দা শুগাইনা হায়রম্মী, হন্দক্কী থবক অসি অচৌবা খুদোংচাবা অমনি নৎত্রবদি ঐখোয়না মহাকপু মাংহনবা ঙমলোই। হৌজিক্তি মখোয়না মহম্মদ ঘোরীদা লমন খুম্বদু ঙম্লগনি।" চান্দ অমসুং পৃথ্বিরাজনা থৌরাং অমা তৌনবা খন্নরম্মী।

মমৈথংদা পৃথ্বিরাজনা মাগী তেন কাপ্পগী বিদ্য অদু উৎপা য়ারে হায়বদু মহম্মদ ঘোরীদা খঙহল্লম্মী। মদুগী নুমিৎ অমা লেপ্লম্মী। মহম্মদ ঘোরীনা পৃথ্বিরাজগী থৌনাফবা থবক অদু য়েংনবা মাগী দরবারদু কৌরম্মী।

মী পূম্নমক তিল্লবদা মমিৎ তাংলবা পৃথ্বিরাজদু পুরক্লম্মী। মহাক্না মহম্মদ ঘোরীনা ফমলিবা সিংহাসন অদুদগী য়াম্না লাপ্না লেপ্লম্মী। অদুদগী ঘোরীনা হামেং অমা পুরক্লবা অমসুং মখোয়না লৈরিবা মফম অদুদগী য়াম্না থাপ্না য়ুম্বীমখোং অমদা পুন্নবা য়াথং তৌরম্মী। পৃথ্বিরাজনা হামেংদু কদায়দা লৈরিবগে হায়বদু খঙনবা মহাক্না হামেংদু খোংহননবা হায়রম্মী।

পৃথ্বিরাজনা ঘোরীনা হায়রিবা ময়ামদু তারম্মী। হৌজিক মহাক্না সিংহাসন্দা সুলটান্না ফমলিবা মফম অদু চপচানা খঙলম্মী।

অদুদগী চান্দনা পৃথ্বিরাজগী মগুণ থাগৎলদুনা অমসুং মমিৎ উদ্রবসু খোঞ্জেলনা লাকপা মায়কৈদা পান্দম থমদুনা তেন কাপ্পা হে হায়বগী মরমদা শন্দোক্না তাক্লদুনা শৈরেং থিবা হৌরম্মী।

সুলটাননা অসিগুম্বা থৌনাফবা থবক অদু য়েংননবগীদমক য়াম্না খৌরাংনা মাগী সিংহাসন্দা ফল্লি হায়দুনা চান্দনা মহাক্কী শৈরেংদু লোইশিল্লম্মী। হায়রিবা তাঞ্জা অসিদা হামেংদু খোংলম্মী। পৃথ্বিরাজনা মহাক্কী লিরুংদু কাপ্লবগীদমক থাঙ্গৎলম্মী। মহাক্না থুনমক পান্দম লৌদুনা হামেংদুদা কাপ্তুনা সুলটান তম্না কাপ্লম্মী। তেনদুনা ঘোরীগী মথবাক্তা পান্দুনা লৈমায়দা তারম্মী।

চান্দনা য়াম্না থুনমক পৃথ্বিরাজ তম্না চেনশিল্লম্মী। মহাক্না ঘোরীগী হকচাংনা লৈমায়দা তাদ্রিঙৈগী মমাংদা পৃথ্বিরাজগী থাংনা থিন্দুনা হাৎলম্মী।

অসুম্না পৃথ্বিরাজ অমসুং চান্দনা মখোয়গী থৌরাং অদু য়াম্না হৈশিংনা পাংথোক্লম্মী। ঘোরীগী মীশিংনা পৃথ্বিরাজ অমসুং চান্দা করিমত্তা তৌবা ঙম্লমদে।

# প্রজাতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমগী ৱারী

চহি লিশিং অনীরোমগী মমাংদা অৱাং ভারতলোমদা বাইশালি কৌবা প্রজাতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমা লৈরম্মী। হায়রিবা লৈবাক অসি গঙ্গা তুরেলগী মপান্দা লৈবা হৌজিক্লা মুজাফরপুর হায়না খঙনবা ডিষ্ট্রিক্তুদা লৈ। মফম অদুদা লৈবা মীশিং অদুবু লিচ্ছাবিস হায়না কৌই। মখোয়গী নিংথৌ লৈতে। ষ্টেট অসিগী মকোক অসি নায়কনা ওই। নায়ক অসি প্রজাশিংগী মরক্তগী প্রজানা খনবনি। নায়ক অসি প্রজাশিংগী মরক্তগী খনবা লুচিংবা কাংলুপ অমনা মতেং পাংই।

বাইশালি অসি য়াম্না চাউখৎপা লৈবাক অমনি। লম অসি য়াম্না লৈহাও চেল্লি। মখল খুদিংমক্কী মহৈ-মরোংশিং হৌই। হৈ-রাশিং মরাং কাইনা হৌই। তুরেল কয়ামরুম লৈবনা প্রজাশিংদা অঙৈংবা, অশেংবা ঈশিং ফংহল্লি।

ষ্টেট অসিগী কোনুং অসি বাইশালিগী সহরনা ওইরম্মী। অসুম্না হায়নৈ, হায়রিবা সহর অসি ইক্ষবাকু কৌবা অচৌবা নিংথৌ অমগী মচানুপা বাইশাল কৌবা অমনা লিংখৎলম্বনি।

বাইশালি অসি য়াম্না চাউবা অমসুং ফজরবা সহর অমনি। মসিগী অকোয়বা মাইল কুনলোম অসি খুদোংথিবদগী ঙাকথোক্লবগীদমক য়াম্না ৱাংনা চেকপল খাজিল্লি।

মদুদা সুপ্নগী থোঙ অহুমদমক পাল্লি। মদুবু য়াম্না চেকশিন্না ঙাক-শেল্লি। সহরদুগী মনুংদা কোনুংগুম্না চাউবা য়ুমথক্তা চোঙ্গবোন হাপ্লবা ফজরবা য়ুম কয়ামরুম লৈ। অতোপ্পা য়ুমশিংদনা লুপাগী অমসুং কোরিগী হাপ্পা ফজরবা য়ুমশিং লৈ। পুন্নমক্কী ওইনা য়েংবদা লিচছ্বিসকী লৈবাক অসি য়াম্না ইনাকখুনবা, চাউখৎপা লৈবাক অমনি।

বাইশালিগী প্রজাশিং অসি পূকচেল চাউই। মখোয় য়াম্না নুংশিননা মরুপকুম্না লোয়নৈ। লিংজেল মান্নবা হায়বসিনা মখোয়গী পাঙ্গলনি। মখোয়না মশাগী আইন শেমজৈ অমসুং মখোয় খুদিংমক্না মদু ইল্লি।

বাইশালিশিং অসি য়াম্না থৌনা ফৈ, কল্লি। মখোয়গী লিংজেল মান্নবা অদুতনা অতোপ্পা লৈবাকশিংনা মখোয়দা লান্দারকপা ঙমদে।



লৈবাক অসিনা য়াম্না নুংঙাইনা ঈংনা লৈবসিদা য়ুমথংনবা লৈবাক্কী নিংথৌশিংনা য়াম্না কল্লক্লম্মী। মখোয়না লৈবাক অসি জয় তৌনবা অদুগা প্রজাশিংবু মখোয়না মীনাই ওইনা শিজিননবা তাঞ্জা ফাইদুনা লৈরম্মী। তৌইগুম্বসুং বাইশালিগী প্রজাশিং অসিদি

মতম পূন্নমক্তা য়াম্না হৈ-শিংনা শিংনরকপা খুদিংমকপু মান্নয়োক য়ানবা শেম শারম্মী। মখোয়না মরুওইবা মফম কয়ামুক্তা লানগী দ্রমশিং থম্লম্মী। মরক মরক্তা দ্রমশিং অদু য়েরম্মী। দ্রমগী মখোলদু হেক তাবদা প্রজাশিং অদু খুদক্তা পুল্লম্মী অমসুং লালগীদমক শেম শারম্মী। মসি প্রজাশিং অসিগী য়াম্না হৈশিংবগী থবক অমনি।

গঙ্গা তুরেলগী অতোপ্পা নাকল অমদনা মগধগী নিংথৌরেল অসি অজাটশত্রুনা ওইরম্মী। মহাক হৌজিক্কা পাটনা হায়না খঙনরিবা পাটলিপুত্রগী অচৌবা সহর অসি লিংখৎলম্বনি। অজাটশত্রু অসি য়াম্না শক্তি লৈবা নিংথৌ অমনি। মহাক য়াম্না থৌজান হৈতবা, মীনুংশি চাউদবা, নিংথৌ অমনি। মহাক্কা নিংথৌ ওইননবগীদমক ঙাইঙমদনা মহাকপু হেক পোকইবা মপাবু হাৎলম্মী।

বাইশালিশিংনা মনিং-মখা তম্না নুংঙাইনা লৈবদু নিংথৌ অজাটশত্রুনা পাম্লমদে। মহাক্কা লৈবাক অসিবু লৌশিনবা পাম্লম্মী। মহাক্কা লিচ্ছবিসশিংগী মায়োক্তা লান্দাদুনা জয় তৌবা পাম্লম্মী তৌইগুম্বসুং মহাক্কা মখোয়গী অঙকপা লিংজেল মান্নবা, অপুনবা পাঙ্গল অদু খঙলম্মী। মরম অদুনা মহাক্কা মদুগী খুদোংথিবদু লৌবা পাম্লমদে।

অজাটশত্রুগী য়াম্না হৈশিংবা, লৌশিং চাউবা বাস্যকর কৌবা মন্ত্রি অমা লৈরম্মী। হায়রিবা মন্ত্রি অসিনা নিংথৌনা বাইশালিবু জয় তৌবা পাম্মী হায়বদু খঙলম্মী অদুনা নোংমা মহাক্না নিংথৌদা মদুগী মরমদা হায়রম্মী।

বাস্যকরনা হায়রম্মী, "ইনিংথৌ, ইনিংথৌনা বাইশালি লৌশিনবা পাম্মী হায়বদু ঐহাক খঙজে। ইনিংথৌনা ঐহাকপু থাজবিরবদি ঐহাক্না মগধগীদমক বাইশালিবু লৌশিনবা ঙমগনি।"

"করম্না?" নিংথৌনা হংলম্মী।

"বাইশালিবু কমদৌনা ঐখোয়না ফংগদৌরিবনো?"

"মসি ঐগী থৌরাংনি," মন্ত্রিনা হায়রম্মী।

"নহাক্না ঐবু তৌশিন্নদুনা পেন্দ্রে হায়বিয়ু।"

নহাক্না ময়ামগী মমাংদা ইকাইবা পীদুনা ঐহাকপু লৈবাকসিদগী লোই থাদোকপীয়ু। অদুদগী মনা মনিল নাইদনা তুমিন্না লৈবিয়ু। ঐনা লিচছাবিসশিংগী মায়োক্তা লান্দাবা য়ারে হায়বগী খুদম অমা পীরক্কনি অদুদগী নহাক্না লান্দাদুনা বাইশালি অসি নহাক্কী ওইরগনি।

নিংথৌনা বাস্যকরগী হৈশিংবা খুজিন থৌরাংদু য়ানিংলম্মী। মহাকপু মতেং পাংদুনা তাস্থোকখিবা পাল্লম্মী। মরম অদুনা নিংথৌনা মহাক্না পাম্বগী মতুং-ইন্না বাস্যকরবু লৈবাকসিদগী লোইহ থাদোকখিনবা তৌরম্মী।

বাস্যকরগী মকোক্তু মরু কোক্লম্মী, মমায়দু তাইফেৎ তারদুনা মুশিন মুরম্মী অমসুং গধা অমদা তোঙলদুনা পাটলিপুত্র তম্না চৎলম্মী।

বাস্যকরনা গঙ্গা তুরেল লাস্থোক্তুনা বাইশালি য়ৌরম্মী। মহাক্না মফমদুদা য়ৌরবদা প্রজাশিংদুদা হায়রম্মী, "মগধগী নিংথৌনা মহাকপু পেন্দ্রে হায়না শাওরদুনা লোইহ থাদোরক্লে। মরম অদুনা মহাক্না বাইশালিদা চংজফম লৌগে হায়না লাক্লিবনি।

লিচছাবিসশিং অসিদি য়াম্ন চম্মী অমসুং য়াম্না থৌজাল হৈ। মখোয়না বাস্যকরনা হায়রিবা পুন্নমকতু থাজরম্মী। মখোয়না মাবু চংজফম পীরম্মী অমসুং থবক তৌনবা মরুওইবা থবকসু পীরম্মী। বাস্যকরদি য়াম্না হৈ-শিংই অদুনা থবক কম্না শুরম্মী। মহাক্কী থবক্তু অসুম অসুম চাউখৎলম্মী। থুনমক মহাক বাইশালিগী চিফ জষ্টিস ওইহ্রম্মী।

বাস্যকর হৌজিক্তি মীয়াম্না শক খঙলবা মী অমা ওইরম্মী। মহাক্না প্রজাশিং অদুবু নীংতম্না শিজিন্নবা হৌরক্লম্মী। মহাক য়াম্না তপ্না অমদি পুন্নমক্তা ব্যবহার ফজবা অমসু ওইরম্মী। মীয়াম্না মহাকপু পাল্লম্মী। অদুগা য়াম্নসু থাজরম্মী। মীয়াম্না মঙোন্দা মপুঙ ফানা থাজরে হায়বদু খঙলবদা মহাক্না নিংবা থুংলনি হায়বগী অপেনবা অমা ফাওরম্মী। মহাক্না মহাক্কী থৌরাংগী অহানবা খোঙথাংদু মপুঙ ফানা পাঙথোক্লম্মী, মায়সু পাক্লম্মী।

হৌজিক্তি মহাক্না অনীশুবা থৌরাং অমা লৌখৎনবা হোৎনরম্মী। মহাক্না মী অমদগী মী অমদা য়েক্লবা ওইরক্লবা কুম্মে শান্নবা হৌরক্লম্মী।

মহাক্না য়াম্না হৈশিংনা বাইশালিশিং অসিগী মরক্তা লিংজেল মান্নদনবা অমদি নুংশিনদনবগী হু নোংম-নোংমগী হাপ্না হৌরম্মী। মখোয়না কাংলুপ-কাংলুপ শেল্লম্মী, মদুনা য়েংথিনবা হৌরম্মী।

থা খরগী মনুংদা য়াম্না লীংজেল মান্ননা অমত্তা ওইনা লৈরম্বা বাইশালিগী প্রজাতন্ত্র চৎপা লৈবাক অসি মচেৎ-মচেৎ কায়রম্মী।

মসি উবদা বাস্যকর হরাওরম্মী। মহাক্না মাগী পস্থুং অদু নকশিল্লক্লে হায়না খল্লম্মী। মহাক্না মাগী থৌরাং অদু কদায় ফাওবা খুমাঙ চাউশিল্লবগে হায়বদু খঙবা পাল্লম্মী মরম অদুনা মহাক্না প্রজাশিং অদুবু চাংয়েংগে হায়না লেপ্লম্মী। নোংমা মহাক্না লালগী দ্রম অদু য়েনবা য়াথং তৌরম্মী। অদুবু মী খরদমক লাক্লম্মী মদু উবদা বাস্যকরদু য়াম্না পেল্লম্মী। মহাক্না লমন খুম্বগী তাঞ্জা অদু লাক্লে হায়বা খঙলম্মী। মহাক্না অজাটশক্রগী মনাক্তা অরোনবা মী অমা থাদুনা বাইশালিদা লান্দাবা য়ারনি হায়না খঙহল্লম্মী। অজাটশক্রনা তাঞ্জা অসি ঙাইরক্লিবনি।

লান্মী কয়ামরুমগা লোয়ননা নুমিদাংদা গঙ্গা তুরেল লাস্থোক্লম্মী অমসুং য়াম্না থুনা বাইশালি কোনুংগী থোঙ্গালদু য়ৌরম্মী। বাস্যকরনা থোঙ্গাল অমা হাংদোক্লম্মী। থোঙ্গালদুদা অজাটশক্রগী লান্মীনা বাইশালি তম্না চংলক্লম্মী।

লানগী দ্রম অদু য়েরম্মী তৌইগুম্বসুং মী খরদনা লালগীদমক শে শারম্মী। লান্দা বাইশালিশিংদু মায়থিরম্মী।

নিংথৌ অজাটশক্রনা সনাগী দোলায়দা ফম্লদুনা অঙৌবা শগোল নিপাম্না চিংলদুনা বাইশালি তম্না চংলক্লম্মী। মহাক্কী লান্মীশিংনা বাইশালি খুদুম চন্দুনা মহাকপু (নিংথৌবু) তরাম তরাম্না ওক্লম্মী।

মতৌ অসুম্না বাইশালিগী প্রজাতন্ত্র চৎপা লৈবাক অসি জয় তৌদুনা মগধ লৈবাক্তা পুনশিল্লন্মী। মহাক্না খাজনা লৌননবা মহাক্কী আইন ময়াম মখোয়গী মথক্তা নল্লন্মী। মহাক্না লিচছাবিসশিং অসিবু মহাক্কী মীনাই ওইনা শিজিন্নরন্মী।

# ক্বাজিগী বীচার

সুলটান গিয়াসউদ্দিন পঠানগী মমিং চৎপা নিংথৌনি। নোংমা মানা শাতানবা চৎপদা মাগী তেম্না পান্দুনা নুপামচা অমা শিরম্মী। নুপামচাদু লাইরবা লুখ্রাবী অমগী মচানি। অমত্তা পোকপা মচাদু শিবদুদা মমাদু হায়নিংঙাই লৈতনা মথ্বায় নুংঙায়রমদে। মহাক্না কোর্টতা মচা হাৎপা নুপাদুবু দন্দি পীনবা ব্বাকৎ থাঙ্গৎলম্মী।

ক্বাজি হায়না খঙনবা মমিং লৈবা বীচারপতি অসি ব্বাকৎতু তাবদা নুং অনীগী মরক্তা হা ওইরম্মী। মহাক্না সুলটান গিয়াসউদ্দিনবু মরালগীদমক দন্দি পীবা, করিগুম্বদা দন্দি পীদ্রগনা অরানবা বীচার তৌবগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা লংজবা তারম্মী। য়াম্না কুপ্না খল্লবা মতুংদা অচুম্বা বীচার তৌনবগীদমক লুখ্রাবী নুপীদু মথংগী নুমিৎতা কোর্টতা লাক্লবা হায়রম্মী। খ্রী থাদুনা সুলটানসু লাক্লবা য়াথং তৌরম্মী।

সুলটানগী মনাক্তা চৎকদৌরিবা নুপাসিদি য়াথংদু তাবদা কিখিবনা নিক্রম্মী। মহাক্না কাজিগী য়াথংদু ইন্দ্রবদি দন্দি ফংগনি অদুগা করিগুম্বদা সুলটান্দু কোর্টতা লাকউ হায়রুবদা দন্দি শোয়দনা পীরক্কনি হায়না খল্লম্মী। অদুওইরবদি মহাক কৈদৌবা তাবগে? মমৈথংদা খনবমখে খল্লবা মতুংদা সুলটানগী কোনুংদা লাক্রম্মী। কোনুং য়ৌরগা পাক চঙবা ঙম্রমদে। হল্লসিরা হায়বসু কাজিনা হায়বা ইন্দবগী মফম লৌথোকপিগদ্রা হায়বগী অকিবসু লৈরম্মী।

মমৈথংদা মহাক্না থৌরাং অমা তৌরদুনা হৌনা (সুলটান তানবা) ঈশ্বরগী মমিং কৌদুনা লাই খুরুল্লম্মী।

মতম চাদনা লাই খুরুম্বদু তাবদা সুলটান্না নুপাদুবু কৌশিল্লকউ হায়দুনা মী থারম্মী। থক-থক নিকপমখে নুপাদু নিংথৌগী মনাক্তা লাক্রম্মী। নিপাদুদা নিংথৌনা মতম চাদনা করিগী লাই খুরুল্লিবনো হংলম্মী।

নুপাদুনা মখুৎ লোম্নরদুনা হায়রম্মী, "ইনিংথৌ ইবুংঙো, ঐহাক কাজিনা ইনিংথৌবু হয়েংগী নুমিৎতা কোর্টতা লাক্কবা য়াদে হায়রুচো হায়দুনা থারক্লিবনি। ঐনা কিজমন্দুনা হায়বা ঙমজদদুনা লাই খুরুম্লগা ইনিংথৌগী পুক্লিং চিংশিনজবনি।"



নুপাদুগী পাউখুমদু তাবদা সুলটান্দু পেল্লম্মী। মহাক্কা ক্বাজিনা হায়রকপা মতমদু চপচানা লাক্কনি হায়না খঙহল্লম্মী। কোর্টতা সুলটান্না মাগী মরালদুগীদমক লুখ্রাবী নুপীদুদা লাল্লে ঙাকপীয়ু হায়জরম্মী।

অদুগা লুখ্রাবী নুপীদুনা মাগী লেমহৌরিবা পুন্সিদু নুংঙাইনা হিংবা ঙম্নবগীদমক অপাম্বা সনা, লুপা, পোৎ-চৈ পূন্নমক পীগনি হায়রম্মী।

কেস অদু লোয়রবদা ক্বাজিদু মাগী ফমফমদগী হৌগৎলম্মী। মহাক্না ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা সুলটানবু মাগী ফমফমদা ফম্নবা হায়রম্মী। সুলটান্না হায়রম্মী, "ক্বাজি, ঐদি মরাল লৈবা মীশক অমনি, মরাল লৈবা মী অমদা নওনা তৌরিবা বীচারদু করিনো? ঐনা নওবু ঐগী থাৎসিনা নওক কক্লগা হাৎলগনি।"

সুলটান্না মাগী অথৌবা থাংশাংদু থাংখুমদগী শৎতোক্লম্মী।

ক্বাজিনা মকোক নোল্লদুনা সুলটান্দা হায়রম্মী, "নহাক্না ঐগী য়াথং অসি ইন্দ্রবদি ঐগী শউনগী থৌরি অসিনা কল্লগনি।" ক্বাজিনা শউনগী থৌরিদু মাগী জোন-জোন লাউবা ফুরিৎতুদগী লৌথোরক্লম্মী।

ক্বাজিনা থৌনা ফনা অকিবা অমত্তা য়াওদনা মহাক্কী মথৌ তৌবগীদমক সুলটান্না মহাকপু থাগৎলম্মী। তিক্লিবা মীয়ামদুনা মখোয়গী অমনা অমবু ইকাইখুম্নবা অদুগীদমক নুংঙাইবা ফোংদোক্লম্মী।



## ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনীগী ফোঙলবা লাইরিকশিং ঃ

- মাঙখ্রবা ঈশৈগী সুর (শৈরেং, ১৯৭৫)
- নহাকপু ঐগী কনানো (ৱারীমচা ১৯৭৮)
- লাইবক (নোভেল, ১৯৮২)
- নুংগী চিনবাল (ৱারীমচা, ১৯৮৭)
- পৃথিবীগী ফুঙ্গাৱারী খরা (লৌরেম্বম ইন্দিরাগা ইমিন্নবা) (১৯৯৪)
- পিগী ৱারী (শৈরেং, ১৯৯৫)
- য়েনিংথানা লাকপদা (ৱারীমচা, ২০০০)
- প্রজাতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমগী ৱারী (ময়ামগী খুত্তা লাম্থোকচরবা) (২০০১)

## ফোঙগদৌরবা লাইরিক ঃ

- অৱাং নোংপোক্কী ফুঙ্গাৱারী খরা